



# লুৱাং চেফোং

অহানবা ফোংবা : কালেন্ থানিল্ (লৈবাক্‌পোক্‌পা), ২০০৮
মালিয়া পাল্‌চা - ৩৪০৬

ফোংজবী : থোঙাম্ নীঙোল্ থৌনাওজম্ ওংবী কেতুকী

লাইরিক্ মশিং : ১০০০

লমাই মশিং : ১০২

মমল্ : লুপা ৯৫/-

মখুম্ য়েক্‌পা : এমঃ পোমেন্, জিরিবাম্

লাইরিক্ ফংফম্ : ১) অইবা ইশাগী য়ুম্
২) Nong's Dept. Store
*U K. Road, Imphal (Panchai Maning)*



নম্ফম্ ঃ এমঃ কুমার ওফসেট প্রেস, *পাওনা বাজার, ইম্ফাল্*

পলেম্ পল্হৌগী থৌজান্দগী
তাইবং মালং পান্সিদা
খোঙ্দারক্পা নৱা 'না
লৈরাং লৈহুং শিন্না
কচ্চরি "নুংশিবী ইমা"
নখোঙ্ খুয়া খাদা

পাঙ্দ্রবা নচা
(ꯊꯧꯅꯥꯑꯣꯖꯝ ꯀꯨꯝꯕꯥ ꯂꯨꯋꯥꯡ)
থৌনাওজম্ কুম্বা লুৱাং

# হায়জনীংবা ৱাহৈ খরদং

'নুংশিবী ইমা' হায়বা লাইরিক অসীগী মমিং অসী হেক তাব নত্রগা উব মক্তদ লাইরিক অসী পোক্লফম ইমা লৈবাকপু শৈথাজব শৈরেংগী নত্রগা ৱারেংগী লাইরিক অম সুঙশোয় শোয়দন ওইরমগনি হায়ন খনবীব য়াওগনি।। অদুবু লাইরিক অসীদি খনবীরিব অদুমক্তি নত্তে।। ইমা মখল কয়া লৈ।। ঐবু মীওইব অম ওইন মালেম তাইবংপান অসীদ খোঙদাহল্লকপিরীবী ঐবু পোকপিরীবী পলেম ইমা, ইপা ইপু পুকোক পুরেল কয়াগী অমসুং মখোয়গী চাদা নাউদা ওইরিব মচা মশু ঐখোয়গী পোকনফম লমদম ইমা লৈবাক ইরৈবাক ওইরিব কংলৈপাক; তাইবং মীওইব অম ওইরিব ঐহাকপু হিংনবগীদমক্ত চানব চীনজাক মহৈ মরোং, থক্লব লাইজ ঈশিং পীবীরিব লৈপাক লৈম মালেম ইমা; অঙাং নাউরা ওইরিদৈঁদগীন অতল মতম ওইরক্লব ফাওবদ উরিব, তারিব, থেংনরিবা থৌৱোঙ-থৌদোক, শকওঙ-শকফম কয়াবু অমসুং পুক্রীং ৱাখল ফোঙদোক্লবগী পান্নে অমা ওইরিব ইমালোল মীতৈলোল পুম্নমক অসী ঐগী নুংশিরবী ইমা ঙাক্তনি।। 'নুংশিবী ইমা' হায়বা লাইরিক অসীদ পল্লিব ইমা অসীদি নুংশিরবী ইমালোল মীতৈলোলবুনি হায়বগী লাইরিক অসীবু মকোক্তগী অরোইব শরুক ফাওব পাবীব মতমদ অদুমক য়াম্ন ফজন খঙবীগনি ।।

নুংশিরবী ইমা মীতৈলোন্দি য়াম্নমক মপুঙ-মরৈ ফারবী, মতীক-মঙাল লৈবী ঐখোয়ন উরিব শকফম, তারিব খোঞ্জেল, থেংনরিবা থৌদোক, খল্লিবা ৱাখল, নীংলিব পূক্নিং পুম্নমকপু কাচিন কোইয়া য়ৌশিন্ন, মপুঙফান ফোঙদোকপ ঙম্ব তিবেতো বর্মন কাঙলুপকী মনুংচনব লোল অমনি। মী ওইবগী মিৎন য়েংবদ লৈফম থোক্লব মায়কৈ চিথেক মরিগী মমিং চাওখৎলব ইংলিশ লোন্দ থেংনরক্তে।। মখোয়ন শেমজিল শাজিল্লগ অসুম্না হায় - অৱাংনোংপোক (নোর্থ ইষ্ট), অৱাং-নোংচুপ (নোর্থ-ৱেস্ত), খা-নোংপোক (শাউথ-ইস্ত), খা-নোংচুপ (সাউথ-ৱেস্ত)।। অদুবু মীতৈলোন্দদি ফজন লৈ, মদুদি - মীৎলম (অৱাং-নোংপোক), নুংশিৎলম (অৱাং-নোংচুপ), মৈরম (খা-নোংপোক), নোংলম (খা-নোংচুপ)।।

অদুগ অমুকসু, ব্রাখল খরদং খনথবদ মীওই ফুরুপ অমগী ওইন লৈফম থোক্লব তুংদ লাক্কদব নুমিৎ খঙনবা মীতৈ ঐখোয়গী নুংশিরবী ইমালোলদদি ঙসীদগী হৌরগ হয়েং, হংচিং, মশেম, মরৌ, মকাপ, মশীং - হায়ন নুমিৎ তরেৎন সুন লৈ।। অদুবু লোল অয়াম্বদ লৈতে; মালেমদ চাওখৎলে হ্যায়রিব সাহেব মরোল ফাওবদ তূদে (ঙসী), তুমোরো (হয়েং), হায়ব অনী অসীদগী হেন্ন লৈব থেংনরক্তে।। হয়েং (তূমোরো)গী মথংদদি শেমজীন শাজীন্দুন 'দে আপ্তর তূমোরো' (হয়েংগী মতুং নুমিৎ) হায়ব ওইন থেংনরকখি ।।

নুং অমসুং পান অনীমক্কী ওইব পুক্লীং ব্রাখল ফোঙদোক্লবগী ব্রাহে-ব্রাতাগী মপুঙ ফারব লোল অম ওইন খা-নোংপোক এশিয়াদ লৈরকখিব নুংশিরবী ইমা মীতৈলোল অসী খৃষ্টগী ১৮ শুব চহীচাগী অহানব তংখাই লোইরমদাই ইনিংথৌ ইবুংঙো পামহৈব/গরিবনিব্রাজগী মতমদ লৈবাক অসীদ নোংচুপ লোমদগী য়াম্না কল্লব ঈথক ঈপোকপা লোয়নরব লাইনীংগী ঈচেল অমা চেনশিল্লকখিব অমসুং ঈচেল অদুগী মতুং তারকপ শাফূ অদুন মরম ওইরদুন মীতৈ ফুরূপকী নুংশিরবী ইমালোল অসী শিথব হৌরকখি।। মশক মচু মাঙশিল্লকখি।। মীতৈলোল অসী অমাংব লোল হায়বদি লোনমাংগী থাক্ত ফাওব হায়থরকখি।। মীতৈলোন্ন ঈশৈ শকপবু কনাগুম্বন থব্রায় তান মমিত্ত পিগী ঈরা শিনথবমখৈ ঈশৈ অদুবু তাব য়াওরবদি অদুগুম্ব মীশক মহাক অদু নুংথিলদ শিব থোক্লবদি ক্বাক ওন্দুনা অদুগ অহিংদ শিব থোক্লগন মকু ওন্দুন মকোই নুংঙোলচীংদ পাইখ্রগ নোরোক কোমদ তাব ওইয়ু হায়ন শীহত লৈবাক্কী নরসিংহ তিলা লমদগী লাকখিব হিন্দু লাইনীং উজা অদুন মীচৈ পীরমমী ।। ব্রাফম অসী নুংরিবী ইমা মীতৈলোনবু শিখিনব শীনব খুৎজিন থৌরাংগী শরুক অম নত্তন করিবু ওইগদগে? হিন্দু লাইনীং উজ অসীগী পাউতাক মতুং ইনন মীতৈ ইপা ইপু চীংঙু মায়চৌশিংন থমবীরম্ব মীতৈ ফুরুপকী লাইনীং নাৎ অমসুং পুব্রারীগী পুকৈ লনগৈ ওইরব পুয়া কয়া মৈ থাখি।। মীতোপকী লাইনীং লৌরুবগী মহৈ ওইন লমদম অসীগী চীং, পাৎ, তুরেলগী মমিং ফাওব

সংস্কৃত/হিন্দি লোনগী ওইব মমিং থোনজিনবীখি।। মীতৈ ঐখোয়গী য়েলহৌঙৈদগী থাগোন্নদুন লাক্লব লাইনিংথৌ লাইরৈম কয়াবু হিন্দু লাইন মহুৎ শিনজিনবীখি ।। মীতৈগী য়েক শলাই ফাওব গোত্রদ ওন্থোকপিখি।। মীতৈলোল অসী সংস্কৃত লোন্দগী ওইরকখিবনি হায়ব মীওই ফাওব থোক্লকখি।।

'নুংশিবী ইমা' হায়রিব লাইরিক অসী লামায় খরদং হাংদোক্কুন হেক পাবীব মতমদ লোইমোম ফৌন ফৌমায় চোল্লব ফৌগৈগী থোঙ হেক হাংদোকপদ ফৌয়াম উবীবগুম, তরা চেঙন চেঙমায় চোল্লব চেঙগৈ থোঙ হেক হাংদোকপদ চেঙয়াম উবীবগুম মীতৈলোলগী লোনগৈদ লৈরিব কাচিন কোইয়া য়ৌশিল্লব মপুঙ ফারব ৱাহৈ ৱাতাগী ফৌয়াম চেঙয়াম অদু অহানব খোঙথাং ওইন উব ফংবীগনি।।

অরোইবদ ঐনা হায়জনীংলিবদি - অয়িবন য়াম্ন ৱান থিজিল-হুমজিনবীদুন লাইরিক অসী পুথোকপিরিব অসীন অরোইব ওইবীগনু।। অমুক্ক হেন্ন ৱান অমসুং কৃপ্ন থিজিল হুমজিনবীদুন মীতৈলোনগী ৱাহৈশিংগী, ৱাহন্থোক লোনগৈ ওইব অমসুং লাইরিক খরসু পুথোকপিরকখো।। অদুগুম্ব লাইরিকশিং অদু পুথোকপ ঙমজবগী ৱাখল লৌশিং, পাংগল-থৌনা অমসুং মচাক-মরলশিং অদু অয়িব থৌনাউজম কুম্বা লুৱাংগী মফমদ অতিংকোক মরু শিদব চীংঙু খোইয়ুম অসীব লাইনিংথৌ সনাহীন থৌজাল ললকুবীব ওইরসুনু।।০।।

**সাইরেম পরৈহনব (নীলবীর) মীতৈ**

রিতয়ার্দ প্রিন্সিপাল দি.এম. কলেজ (কম্মর্স)

মেম্বর, কংলা ফোর্ত বোর্দ, কংলা

১৯-৪-০৮

# লাইরিক অসিগী মরমদা

থৌনাওজম কুম্বা লুৱাংনা ইবা "নুংশিবী ইমা" হায়না মীংথোনবা লাইরিক অসি মীয়ামগী মমাংদা পুথোকত্রিঙৈ মমাংদা পাজরে। য়াম্না চম্না ইবা লাইরিক অমা ওইজরবসু লাইরিক অসিদা পুরিবা নুংগী ওইবা ৱাখল্লোনদি চম্না উবা য়াদে হায়বা ৱাফম অমদি থমজনিংই। অইবা অসিনা লাইরিক অসিদা থল্লিবা মীয়েং অসি অনি ওইনা তৌই। মরুওইনা মমারোনবু নুংশিবা-মীরোনগী ৱাহে ৱাতা য়াওদনা মীতৈরোলতনা থম্মোয়গী অনিংববু ফোংদোকনিংবগী অপাম্বা, অদুগা মীতৈ লাইনিংলোনগী মশক অসিনি। মপালগী লোন (মীরোল) তম্লুরগা মীতৈরোলবু কাওথোকপা লোইননা মীতৈরোলবু ভারতকী লোল অতৈশিংগা মান্নে হায়না য়েংবা মীৎয়েংবু অইবনা থম্মোয় শোক্লা য়ানিংদবা লাইরিক অসিদা উথোকই।

লাইরিক অসিগী তোপ-তোপ্পা মগুন অমনা মীতৈরোলগী লোন্থে হায়বদি ইম্ফালদা ঙাংনরিবা ৱাহৈগা কাছারদা ঙাংনরিবা ৱাহৈগা খেন্নবা মশক অমসু উৎতুনা লাইরিক অসিগী মশকপুসু হেন্না ফজহল্লী। মীতৈরোলগী চৎনবী ৱাহৈ শাগৎপগী মশক ওইবা অমগা অমগা তৎন-থানবা য়াদ্রবা শম্না হায়রবদা "তাওজিং-হৈরাং" "তিনমু-লাইমু" অসিনচিংবা কয়াগী মশকপুশু মশক তাকলি। মীতৈলোলগী ৱাহৈনা হৌজিক্কী চৎনরিবা মীরোলদগী লাকপা সাইন্তিফিক নেম কয়াবুসু মহুৎশিনবা য়াবগী মশক অমসু য়াম্না চুননা উৎথোকলি। মীতৈ নাৎকী চৎনবী থাজবী থাশি-মাইকৈ, তৎনবা-নুমীৎ, থবান কয়া অমসু লাইরিক

অসিদা মশক তাকলি। শুপচিননা য়েংলবদা লাইরিক অসি হিরম কয়াদা কাননবা পীরগদবা তুংগী মীহৌরোলনা মাংখ্রগদবা মীতৈরোলগী ব্রাহৈবু করম্না কনশিগে হায়বগী মঙাল পীবা লাইরিক অমনি হায়বা ব্রাহৈ থমজনিংই। তুংদসু অসিগুম্বা মীতৈ খুনাইগী লন ওইগদবা লাইরিক কয়া অমা ফোংদোকপীরকনি হায়বা মীৎয়েং-থমজরগা তাইবং মপুদগী মতিক মঙাল অদু পীবিনবা থৌনিজরি।

**সোইবম ইমোবা**
এসোসেত প্রোপেসর
লিঙ্গুইতিক্স দিপারমেন্ত, এম. ইযু.
চৈচং ১৫/৩/০৮

# ৱামাং য়ান্বা

ঐহাক্ লোল্গী মরম্দা খঙ্-হৈবা অমসুং নৈনবা মীদি নত্তে। ইমালোল্বুদি নুংশিজৈ। ইমালোল্ নৈনবদা মতেং অমসুং কান্নবা মচাক্ খরদং ওইগদ্রা খঞ্জদুনা লাইরিক্ অশি পুথোক্চবনি। পাক্ চাওখ্রবা লোল্গী পুক্কৈনি। মীগী লোল্ ওইরবা বঙ্গাল্লী, হিন্দিবু মীতৈলোল্গা ফজবা, অহেন্বা চাংদম্নবসু পাম্জদে। তৌবতবু হায়রবা লোল্শিং অশিগী মনাক্ নক্পা ইয়ামক্ য়াদবা, য়াম্না হন্নবা থাক্তি ওইদে খঞ্জে। সংস্কৃত লোল্না ভারতা লোন্নরিবা লোল্শিংগী মমানি হায়নৈ। ভসি ভারতকী লোল্ ওইরিবা হিন্দিদা উর্দু কয়াম্ য়াওরিবগে হায়বদু অখঙবশিংনা অদুম খঙই। পাং-শিংজংনচিংবসি ফেংলগা মথৌ হেল্লকই। শিজিন্নদ্রবদি কাওখি, অসুম্ মশক্ মাংখি। মদুসু থওইনা কাওনবা, শিজিন্নদনবা হোৎনবা য়াওরাদি মদু ইশাগী মাংনা তাক্লবা শোইদনা ওইগনি। মশি তুংগী মীরোল্না অমসুং পুরারীনা কৈদৌঙৈদা ঙাক্পীরোই। লাইনিং লীচৎকা মরি লৈনবা শক্ শোন্বদা বঙ্গাল্লী, সংস্কৃত না শোল্লগা লাইরা ওইবা, ইপা-ইপু পুম্নমক্ অরান্ খুবম্ ফংবা, ইরোল্না শোল্লগা ইচম্ চম্বা, লাইরা ওইদবা, ইপা-ইপু অমম্বদা তিন্খিনি খন্বা অমসুং খল্হন্বদি চুম্দে। মদু অশিংবা, অফবা খক্ ওইরোই।

ঐহাক্ ইশাগী লোল্ ফাওবা লোইনা খঙ্জদ্র। অদুগাদি মীগী মরোল্ বঙ্গাল্লী, হিন্দি ঐনা কয়াম্ খঙগদগে। তশেংনা খঙ্দে। ঐনা থেংনবা খরা অদুগা অখঙ্বা অহল্ খরগা তান্নরগা লাইরিক্ অশি ওইরক্পনি। ঐনা জিরিদা মতম্ শাংনা লৈরক্পা, বঙ্গাল্লীশিংগা নক্করক্পা, জিরি-কাছারগী মীতৈশংগা ৱারী শান্নরক্পা অশিনা ঐঙোন্দা নাকোইননা কান্নবা পী। ঐগী মরুপ্ অমনা 'ষন' হায়বা ৱাহৈশি বঙ্গাল্লী লোল্দগী পুরক্পনি

হায়না লাইরিক অমদা থেংনৈ হায়। ঐনা ৱাফম্‌শি ঐখোয় য়ুম্‌দা (জিরি) লৈবা বঙ্গাল্লী (মশাসু) লেক্‌চরর অমা য়াওনা মীতৈ বঙ্গাল্লী শিন্তাক্‌পা (ওঝা) খরদা হংখি। মখোয়না বঙ্গাল্লীদা 'ষন' (কাও) হায়না খঙনবা ৱাহৈশি লৈতে, থেংনদে হায়। বঙ্গাল্লীদা 'ষন' বু গো, গোরু হায়। অসুম্না তালা (পামেল্) হায়বশিগী মতাংদসু হংখি। তাল্ কৌবা উ পাম্বী মখল্ অমা লৈ। মাগী মহৈ মতুম্ তায়, চাওই, হিদাক কান্নে। 'তালা' হায়রগা বঙ্গাল্লীদা ৱাইখু শো নত্রগা 'বন্দ' (থিংবা) সু খঙনৈ। অসুম্না দোলাই (তোলাই)বু বঙ্গাল্লীদা দোল্লি কৌই। ৱাই তৈনবা নুরাশি মীতৈলোল্ নত্তে হায়না মী অমনা অমুক্ হায়। ঐনা থিবদা বঙ্গাল্লীদা লুরা হায়না লৈরম্মী। অমুক্কা নুরা/নুরিবু নুং মচাবু খঙনৈ। মালয়া হায়বশি বঙ্গাল্লীদা মালোয়া হায়বদগী লাক্‌পা ওইগনি হায়। ৱাফম্ অমনা মপান্‌দগী লাক্‌পা জেল্‌গী আই জি ওইরম্বা অমনা মীতৈলোল্‌গী লৈশি লৈথোন্‌গী মতাংদা খুদম্ ওইনা চাজরে, উজরে, খঙ্জরে, য়াজরে, লাক্‌চরে অশিগুম্বা ফজবশি ভারতকী লোল্ অতৈদা লৈতে হায়।

অসুম্না ইমালোল্ অসুম্ নৈনরগা হেন্না হেন্না লুথরক্‌ই, ফীবান, পঙ্খে পাক্ চাওথোরক্‌ই। মশেক্ মঙাল্ ফুদোরক্‌ই। পুয়া কয়া তাঙ্গোই ওনখ্রে। অদুবু উৎ মনুংদা অরাবা মৈতাল্, লোৎপগুম্, ফুঙ্গা ৱাইরুনা মৈ মুৎহন্দনা ওম্‌দুনা থম্বগুম্, ইমালোল্ অশিবু খরদং নৈনবদা ঐখোয়গী লাইনিং লীচৎ অমসুং য়ুম্বাল্লোনবু মশক্ অসুম্ অসুম্ খঙহল্লক্‌ই। অমম্বা অহীং হৌখ্রগা অয়ুক্কী ঙাংঙ্গানবা নুমিৎনা মশেক্ মঙাল্‌গা ফাওদোরক্‌পা অদুগা পাংখক্লি। পুম্নমক্ ঐগুম্বনা থাবা ঙম্বগী ইতিক্ লৈজদে।

ইরমদম্ অশিদা লৈরিবা মাইচৌ, মাইনৌশিংগী মনাক্ নক্‌পগী ইতিক্ লৈজদে। খঙ্ হৈদুনা লাইরিক্‌শি পুখোক্‌চবসু নচ্চদে। ইমালোল্‌বু নুংশিজবগী অমসুং মীওই কয়ানা শিংথাবীদবা ৱাহৈশিং তারুবদগী লাইরিক্ অশি ইজবনি। লাইরিক্‌শি পুখোক্‌পদা চহী অহুম্‌লোম্ চংই। শোইদবা,

লান্দবা ঙম্‌দবা তাইবং মীওইপোক্কী মনুং চন্‌বা ঐনি। মথংগী খূৎনম্‌দা চুম্‌থোক্‌চনবগী পাওতাক্‌ পীবীরক্‌পা অখঙ্‌বশিংবু থাগচ্চগনি।

লাইরিক্‌ অশি পুথোক্‌পদা ঐগী মরুপ্‌ সাপম্‌ পারী খুমন্‌, এম্‌ কুমার ওফসেৎ প্রেস্‌কী এম্‌ কুমার অনিনা অচৌবা মতেং পীবীখি। লোয়ননা ইকাই খুম্নজরবা শিন্তাক্‌পা (ওঝা) অনি মিং পঞ্জরবদা সাইরেম্‌ পরৈহনব (নীলবীর) মীতৈ, রিতয়ার্দ প্রিন্সিপাল্‌ দি এম কলেজ (কম্মর্স) অমসুং সোইবম্‌ ইমোবা, এসোসেত প্রোপেসর লিঙ্গুইতিক্স দিপারমেন্ত এম ইয়ু না লাইরিক্‌ অশিগী মরম্‌দা ব্রাফম্‌ খরা ফোংদোক্‌পীরক্‌পা অমসুং লাইরিক্‌শি হেন্না মপুং ফাহন্নবা পাওতাক্‌ পীবীরক্‌পগী চাওরবা লমন্‌ অমা তোন্‌শিঞ্জরে। মীং পঞ্জদ্রবা অহল্‌শিং মরুপ্‌ মপাং কয়ানসু পুক্নিং থৌগৎপীখি অমসুং মতেং পাংবীখি। মশিগীদমক্‌ খ্বাই পুন্নগী লমন্‌ মপোক্‌শিদা তোন্‌শিঞ্জরে। অরোইবদা খুদোং চাদবদগী মীতৈ ময়েক্তা ইদবশি পুক্নিংদা নুঙাইতবা ফাওই।

**থৌনাওজম কুম্বা লুৱাং**
(হান্না কুম্ভা মৈতৈ)
তোপ্‌ মখা লৈকাই, ইম্ফাল
অমসুং
বাবুপাড়া জিরিবাম্‌

কোরৌ নোংনা ৱাংবরা
পল্থৌ ইপানা মৱাংই
মালেম্ লৈমনা লুম্বরা
পলেম্ ইমানা মরুম্মি
পলেম্ পল্থৌ পোক্ইবা
পোক্লফম্ লমদম্না অথোইবনি

মীতৈগী লাই ওইখ্রবা ইপা ইপুশিংনা অসুম্না থম্বীরম্মী। থক্তা থোক্লিবা মশেক্ মঙাল্ চাওরবা তাইবং থৱায় পুম্ববু হিংহল্লিবা নুমিৎপু কোরৌ হায়নসু খঙ্নৈ। মপাল্ নাইদ্রবা য়েংখৎখিবদা শংবান্ননা উখ্রিবা অহাংবা অশিবুসু কোরৌ হায়নসু খঙনৈ। হায়বদি ইবদা নত্রগা শিজিন্নবা ৱাহৈগী মখা পোল্লি। খুদম্ ওইনা কোরৌ থক্তা থোক্লিবা, কোরৌ নোঙ্গাখ্রবা হায়রিবশি নুমিৎপু নত্তে। অতিয়াবু মপাল্ পোলোই নাইদ্রবা অতিঙা লমহাং লম্জাও হায়নসু খঙ্নৈ। লৈখিদ্রবা ইপা ইপুগী থৱায়না শিখ্রবা মতুংদা অতিয়াথক্তা কাখি হায়না থাজনৈ। অদুনা তাইবংদা লৈহৌবা মচা মশুশিংনা মপা মপুবু থক্তা য়েংখৎলগা "কোরৌ থক্তগী লৈচিল্ পোমাই হাংদুনা য়েংথবীরক্উ" হায়নৈ। অমুক্তা নিংথৌনা, অঙম্বনা, মমা মপানা য়াথং পীবদা মচা মনাইশিংনা "ইনিংথৌগী য়াথংদি কোরৌ থক্তা কাফদে, মালেম্ লৈদসু তাফদে" হায়না খুম্মি। কোরৌবু অতিয়া (অতিঙা) ওইনা শিজিন্নবা লাইরিক্ কয়াদসু থেংনৈ। মালেম্ য়াইফসঙ্না ফোংবা ৱাচেৎ-লোন্ পথুপ্ (লমাই ৮,৯) মোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ পণ্ডিত অচৌবগী নোংপোক্ পান্থোইবী (লমাই ৩,৪,১৮,২৯,৪৩,৪৯), নোংলোন্ পথুপ্ ৱাচেৎলোন্ নোংথোন্বম্ নরান (লমাই ১২), এ সোর্ট হিস্তোরি ওফ কংলৈপাক্ -১ দবলিউ চিংতম্লেন্ (লমাই ৭৪) অহল্না নহাদা লাইনিং লম্বীগী পাওতাক্ নোং: নরান (লঃ ২) পোন্বী লাং - এন্ মনিজাও (লাঃ ৩০, ৩৫), মিংখৈরোন্ (লাঃ ৫) মুতুৱা তোম্বী - মৈতৈ থৌনি লিচৎ (লাঃ ৩) - ইরোম অমুবী সিংহ, লায়িংথৌ সনামহী অমসুং সনামহী

লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ (লাঃ ৫,৭, ১১৯,২২১,২২২) সাইরেম নীলবীর, লাই-খুলদিল লালুপ (লাঃ ৭) টি বোকুল্ অশিনচিংবা। (১-১০) অদুনদি ঐখোয়গী লোল্ ইমালোল্ অশি থাক্ নেম্মি হায়না খন্বা চুমদে। মতাং অশিদা ইমালোল্ কদাইবু কৌগদগে হায়বা ৱাহং অমা লাক্ই। ইপানা ঙাঙ্ইবা অমুক্কা অপোক্পী ইমানা ঐঙোন্দা তাক্পী, তম্বীরক্পা লোল্ অদু ইমালোল্ হায়গনি। ঐখোয়গীদি ইমানা কুক্ কুক্, মম্ মম্, অচা, খাক্, হৈনা হৈনা অসুম্না তম্বীরক্ইবা অদুনি। হুজিক্কী মতম্দা ৱায়েৎ অমা লাক্পা য়াই। ইপানা মীতৈ ওইরগা ইমানা লোল্ তোঙান্বা সাগৈগী মীওই ওইরবা অমসুং মফম্না, মতম্না, ফিভম্না ইমানা মাগী লোল্দু মচাদা তম্বিরবদি মদুগী লোল্দু মফম্ অশিদা পুরিবা ইমালোল্গী মশক্তু ওইবা য়ারোই। অশিগুম্বা কোরৌগী অৱাংবশি মপাল্ নাইদে। ওল্লগা অশুক্ ৱাংই হায়বা ঙম্বগী ৱাংমদনি। অদুবু ঐবু পোক্পীবা পন্থৌ ইপাগী অৱাংবগা কোরৌগী অৱাংবগা চাং তম্নবদা ইপাগী মরেপ্পা হেল্লি হায়রি। অমুক্কা ঐবু পোক্পীবা পলেম্ ইমাগা মীয়াম্না হিংনরিবা মালেম্ (পৃথিবী) অশিগা অমুক্ লুম্বা চাং তম্নে। মালেম্ অশিগী অরুম্বা ওন্বা হায়বশি ওইথোক্তবা ৱানি। করিগুম্বদা ওল্লে হায়নসু লৌরশি মদুদা ইমাগী অরুম্বগা মালেম্ অশিগী অরুম্বগা চাং তম্নবদা ইমাগী অরুম্বনা হেল্লি হায়রি। মশি নুংগী ওইবা ঈচেল্নি। ৱাফম্ অশিনা তাক্লিবা অমসুং খঙহল্লিবদি ইপানা শেম্বীদুনা ইমানা য়োক্পীরগা ঐ ঐনা তাইবংশিদা হিংনরিবনি। পলেম্ পন্থৌ লৈরম্দ্রবদি ঐ লৈরম্লোই। ইমা ইপা পোক্লম্দ্রবদি ঐসু ফজরবা মালেম্ অশিদা পোক্লম্লোই। ঐ পোক্লম্দ্রবদি পুম্নমক্ অমত্তা ওইরম্লোই, থোক্লম্লোই, লৈরম্লোই। লাইসু লৈরম্লোই, ইমা-ইপা, ইচিল্ ইনাও অমত্তা লৈরম্লোই। নুমিৎ, থা, থৱান্মিচাক্ থোক্লম্লোই। ঐগী ইচা ইশু অমত্তা লৈরম্লোই। ফজবা, অথিবা, নুংশিবা, কল্লক্ য়েংথিবা অমত্তা লৈরম্লোই। ঐগী ৱারীসু লৈরম্লোই।

ইমানা ইপানা পোক্‌পীরম্বদগী ঐ মী ওইরি। অহাওবা চারি, ফজবা শেৎলি। মীথোই মীহেল্লি, লল্‌ থুম্‌গী মপু ওইবা ফংলি। ইকায় খুম্নবা ফংলি। অপেন্বা নুঙাইবা কয়া ফংলি। পুম্নমক্‌ পলেম্‌ পম্বৌগী থৌজাল্‌দগী ফংজবনি। মহৈ মশিংদা, শিনফম্‌ অমা পায়বদা, মীরক্‌ তিল্লুবদা, অথোই অহেন তান্নবদা, লাই নিংবদা, মফম্‌ মতম্‌ পুম্নমক্তা পলেম্‌ পম্বৌগী থৌজাল্‌ ফংদনা, য়াওদনা ঐ ঐনা করিসু ফংবা ঙম্লোই। মী অমা ওইনা মপুং ফারোই। করি অমুক্‌ হায়নিঙাই লৈতে। পলেম্‌ পম্বৌদগী হেন্না ৱাংবা, লুম্বা, ফজবা, নুংশিবা, থৌজাল্‌ হৈবা অমমুক্‌ লৈত্রে। হিরম্‌ খুদিংদা চাং তম্নবা য়াবা অমত্তা লৈতে। অদুনবু ইমা ইপাদি মিৎনা উবা লাইনি হায়নরিবনি।(১১) ইমা ইপাবু মশক্‌ খঙবা ঙম্‌জরবদি অমদি খঙনা চৎলবদি মীওই অদু পুন্সি মহৈ য়ান্দবা হৌনদে। পলেম্‌ পম্বৌগী মতিক্‌ ময়াইদি অমুক্‌ থাদুনা লোইররোই। অদুনবু নুপা নুপী অদুনা শিরবা ফাওবা পলেমগী খোল্লাং (নামগী) ফাওবা লমন্‌ শিংবা ঙম্‌দে হায়নরিবনি। মীতৈগী লাইনিং হায়বদু অতৈ করিসু নত্তে ইপাবু ইমাবু নিংজবনি।

অদুগুম্বা য়াইফা থোইরবা, পুম্নমক্তগী ৱাংলবা, লুম্লবা, হেল্লবা পলেম্‌ পম্বৌ অনিগী পোক্নফম্‌ ওইরবা ইরৈপাক্‌ ইরমদম্‌ অদুনা খ্বাইদগী অথোইবনি, অহেন্‌বনি হায়রি। অদুনবু ইপা ইপুশিংনা পোক্‌ফম্‌ শাৎফম্‌ ওইরবা মরৈবাক্‌, মরম্‌দম্‌গীদমক্তা নোক্না নোক্না থৱায় থানখি। পোক্‌পীবনা ইমানি। ইমাগী খোল্লাংনা য়োক্‌পীবগী মথক্তা তরা চাক্‌ উম্বা নুমিত্তগী মালেম্‌ ইমাগী তম্পাক্তা ইমা শক্তুনা মাগী মহি মচুম্না য়োক্‌পীবনি। মালেম্‌ ইমাগী তম্পাক্তা হৌবা মনা মশিং, মহৈ মরোং, উহৈ ৱাহৈ, শা-ঙা, হৈপাল্‌ পুম্নমক্‌ চাজরগা হিংই, চাওরক্‌ই, পাঙ্গল্‌ লৌশিং মপুং ফাহল্লক্‌ই।। মশিত্তসু নত্তনা মমল্‌ য়াম্লবা হী-য়াই, লৈতেংগী ওইবা সনা, লুপা, কোরি, শেঞ্জেংনচিংবা কয়াসু পীনবী। মশি পলেম্‌ ইমাগী খোল্লাং হায়বদুনি। মাদি মীওই পুম্নমক্কী মমানি। ঐগীসু ইমানি, ইমা-ইপা, ইপু ইবেন পুম্নমক্কীসু ইমানি। অসুম্না ইমা লৈবাক্কীদমক্‌ থৱায় কথোক্‌পা ঙম্বা

অথৌবশিংদি মপোক্ মহৈ য়াল্লি। শিরবা মতুংদসু হিংই। মীয়াম্গা মতম্ পুন্নমক্তা থাদোক্লদনা লৈ।

অশিগুম্বী অনিশুবী ইমা মাবু মীতৈ লাইনিং চৎপশিংনদি খ্বাইদগী মমল্ লৈনা, থাক্ ব্রাংনা থম্মী। অয়ুক্ য়াহৌবদা অমোৎপগা শম্নদুনতা লৈরবা খোঙ্না নোংমগী নেৎত্রিঙৈদা ইমা মঙোন্দা লাইপক্ অহুম্লক্ কৎলগা খুরুম্রজগা ইমাগী তম্পাক্তা খোঙ্ তাবা হৌই। অমুক্সু নোংমগী ঈরু শাদেংবা লোইরগা ইমা মাবু লাইবক্ (লাইপক্) তা নম্জৈ। মশিবু নম্শা থিন্বা (পক্লৈ নম্শা) হায়না খঙনৈ। মীওইবা অমগী মশাদা লাইনা পক্লুনা লৈ হায়বগী লাইপক্ কৌনরিবনি। (১২) ইমাবু শেংলবা অমসুং ব্রাংলবা মফম্ অশিদা পুখত্তুনা নম্লগা ইকায় খুম্নজবনি। মথক্তা পঞ্জখিবদা ইমাগী মহি ময়াইতনা মীওইবখক্ নত্তনা লেংলি পাল্লিবা, চৎপা ঙম্বা-ঙম্দবা থব্রায় পান্বা পুন্নমক্ হিংনরিবনি। লোয়ননা ইমাদা য়ানখাইবা, থিন্গাইবা, অমাং অশোই কয়া তৌশিল্লি। মশিদা ইমানা শাওবা লৈতে। মতম পুম্বদা থৌজাল্হৈবী, নুংশিহৈবী, ঙাক্পীহৈবী ওইদুনতা লৈ হায়বগী ইমাবু লাইবক্তা থাঙ্গত্তুনা ইকাই খুম্নজবনি।

মতাং অশিদা মীতৈগী লু-হোংবগী থৌরম্ নিংশিংলক্ই। য়ুম্নাক্ শাগৈ অমগী চনু ওইরম্বী নীঙোল্ অদুনা লু-হোংবা মতম্দা সালাই তরেৎকী মচু শুনা তিল্লবা ময়েক্ নাইবা, ফিগেনচিংবা শেৎলগা অশংবা ফুরিৎ লিংলি। থৌরম্ অশিদা পুরিবা ব্রাখল্না কোয়েৎ মশোং নাইবা য়েত্তুনা ঙান্থোইরিবা পীবা অদুনা কোরৌ নুমিৎকী মশক্ লৌরি। অশংবা ফুরিৎ লিংপী ফিগে শেৎপী নীঙোল্না মালেম্ লৈমগী শক্তম্ লৌরি। মালেম্ ইমাগী ফিজোল্দি অশংবনি। লৈ কোয়বা অদুনা নুমিত্তা মালেম্না কোইবগী মশক্ ওইরি। লু-হোংবা নুমিত্তগী মমাগী শক্তম্ লৌরে হায়বদি মালেম্ লৈমগী মতৌগুম্না অব্রাবগী পোৎলুম্ পুবা হৌরে। অখাঙ্ কন্বী, নুংশি চাওবী, থৌজাল্ হৈবী, মতম্ পুন্নমক্তা ওইফম্ থোক্লে। নুপাগী, মনেম্-মকুগী, মচা মশুগী অব্রা পোৎলুম্ ময়াম্ খাঙ্বা হৌরে। নীঙোল্

ওইরিঙৈগুম্ মনিং তম্জদ্রে। মালেম্ লৈমগী পাংখক্ ওইরে। অশি পুম্নমক্ ফোংদোক্ইবা মীতৈগী লু-হোংবগী থৌরম্নি। (১৩-১৫)

লোল্না ইমানি, ইপানা ময়েক্কি অশুম্না অমুক্ হায়রি। ইমাগা ইপাগা লৈরম্দনা ঐ লৈরম্লোই। ইমা ইপা হায়বশি তোঙান্ তোঙান্ অনি শুরবসু পুল্লগদি অমত্তা ওই। থাদোক্নবা য়াদে। অমত্তং ওইবদু ঐনি। লোল্ লৈরবদি ময়েক্ শোইদনা লৈগনি হায়বনি। ইমাগা ইপাগা নক্নবগুম্, থাদোক্ন বা য়াদবগুম্ লোল্গা ময়েকসু অশুক্ নক্লে, মরি লৈনৈ, থাদোক্নবা য়াদে। অমরোম্দা ইমা ইপাবু নুংশিবগুম্ ঐগী ওইজবা ইমালোল্ অমসুং ইয়েক্পু মতম্ পুম্নদা কাওগনু, নিংশিংউ, মীরাইগনু, নুংশিয়ু, থাদোক্কনু হায়না তাক্ই। মমা মপা মীরাইবা মীনা পুন্সিদা মপুং ফাদবা ৱাংনা কাবা ঙম্দবগুম্ ইরোল্ অমদি ইয়েক্ থওইদবা তারবদি অদুগুম্বা মীওই কাংলুপ্, খুন্নাই অদু অতোপ্পা শাগৈ, কাংলুপ্কী মমাংদা চাং তাগনি। মীগী মমা মপা-মশক্ ফজবদু ঐগী ইমা ইপা ওইবা শুক্য়া য়ারোই। লোল্, ময়েক্, ফিজেৎ অমসুং ইনাৎনা মীওই ফুরুপ্ অদু মশক্ তাক্ই। মশাগী, ফুরুপ্কী শক্তম্ ঙাক্পা ঙমদ্রবা মীওই কাংলুপ্ অদুদি নোংমদি শোইদনা মালেম্ অশিগী লৈমাইদগী মাঙ্খিবা তাবনি।

হৌখিবা পুৱারী নৈনরগা খঙ্ই। ইনিংথৌ পাম্হৈবা হাক্তক্তা সান্তি দাস লম্বোইবনা লৈবাক্ অশিদা রামান্দি লাইনিং মরু হুন্খি। ইনিংথৌ চীংথংখোম্বা (ভাগ্যচন্দ্র) হাক্তক্তা বৈষ্ণব লাইনিং মরা তাখি। অসুম্ অসুম্ চত্থরক্পনা ইনিংথৌ চুড়াচান্দনা পাল্লক্খি। মতম্শিদা ইংরেজগী মখাদা মণিপুর লৈরে। লৈপাক্ ঙাক্পা, ৱায়েন্ থৌদা, শেল্ থুম্, মপাল্ লৈবাক্কা লৈনবা মরি পুম্নমক্ নিংথৌগী খুত্তা লৈত্রে। সুপ্নগী লাইনিং লাইশোন্ অমসুং ইনাৎকা মরি লৈনবা থৌরম্খক্তদা নিংথৌগী নিংতম্বা ফংখি। অদুনা হিন্দু মহাসাভা, ক্ষেত্রি মহাসাভানচিংবা লিংখত্তুনা মীওই খরগী থৌইন্শিন্দা অঙকপা অওন্বা কয়া পুরক্খি। অমাং অশেং, অনেম্ অৱাং, ইন্থোক্পা, চীংমী তম্মী খাইবুং খাইবুং তাহন্খিবা অশি মতম্

অশিদনি। মহাসাভাগী মীওইশিংনা নিংথৌগী অয়াবা য়াওরগা লম্দম্শিগী পুৱারী শেম্দোক্খি। বঙ্গাল্লী লোল্দা লাইরিক্ তম্না হৌরক্খিবগা লোইননা বঙ্গাল্লী, সংস্কৃতকী লোল্ অসুক্কী মতিক্ পুশিল্লক্খি, হাপচিল্লক্খি। কনাগুম্বা বঙ্গাল্লী লোল্ অদুক্ শিজিন্নরগা সংস্কৃতকী শ্লোক্ অদুক্কী মতিক্ য়ানশিল্লগা ঙাঙ্ শক্পা ঙম্বা, লোন্বা ঙম্বা মহাক্তু খ্বাইদগী হৈ-শিংবা, লৈবাক্ মচা তাবা ওইনা ইকাই খুম্নবা ফংখি। ঐখোয়গী লু-তোংদা চংখ্রবা লোল্ ময়াম্ অদু ঙসিদি শেংদোক্পদা অৱাবা ওইরে।

মণিপুর সাহিত্য পরিষদকী ইচিল্ ইনাও, অখং অহে ওইদুনা লৈরবা মীওই কয়ানা থৌরম্ কয়াদা ৱা ঙাঙবদা অমসুং ইথোরক্পা কয়াদা মীতৈলোল্ (মণিপুরী) অশি-লাইরৈ, লোল্ শুদে হায়। লোয়ননা লোল্ অশিমক্ সংস্কৃত লোল্দগী হৌরক্পনি হেক্ হেক্ হায়। ভারত সংবীধানগী ৮ শুবা তাংকক্তা মীতৈলোল্ (মণিপুরী) অশি য়াওহন্বীনবা ইহৌ হৌখি। মতম্ অদুগী মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী য়াইতোংবা (প্রসিডেন্ট) ওইখিবনা ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টরদা অইবা চে লান্খৎখি। মদুদা মহাক্না পন্খি মণিপুরদা খৃঃ ৩২০ (এডি) মমাংদগী লম্দম্ অশিদা সংস্কৃত লোল্ অমসুং অষ্যগী নাৎকী ইথিল্ চংবা হৌখি। (১৬) মণিপুরী লোল্ অশিসু লোল্ অশিদা য়ুম্ফম্ ওই হায়না পন্খি। ৱাফম্ অশি লৈবাক্ অশিগী মীওই অয়াম্বগী ৱাখল্ ওইগদ্রা?

ৱাখল্ অশিবু শৌগৎপা লাইরিক্ কয়াসু মশক্ নাইরবা মীওই কয়ানা ইদুনা ফোংখি। মণিপুরশি মহাভারতকী মণিপুরদুনি, লোল্শু সংস্কৃত্তগী লাক্পনি হায়না উৎপা লাইরিক্ কয়াগী মনুংদা খরদং পল্লবদা - (১) বিজয় পঞ্চালি মণিপুর ইতিহাস- মুতুম ঝুলোন্, (২) মণিপুর ইতিবৃত্ত- খুমন্থেম্ কাওমচা, (৩) সৎজাল অহানবা শরুক্ - রাজকুমার সনাহল্, (৪) মণিপুর ইতিহাস - রাজকুমার সনাহল্ (বিকম), (৪)মণিপুর পুরাবৃত্ত - পুখ্রম্বম্ পরিজাৎ (৬) মণিপুর ইতিহাস -ডাঃ এল. চন্দ্রমনি, (৭) মণিপুর - লাইরেন্ময়ুম্ ইবুঙোহল, (৮) মণিপুর ইতিহাস

অমসুং লাইরিক কয়া - পণ্ডিত অতোম্বাপু শর্ম্মা, (৯) মণিপুর-শ্রীগোবিন্দ নির্পন অশিনচিংবা। মণিপুর পুরাবৃত্ত কৌবা পুখ্রম্বম্ পরিজাৎ সিংনা ইবা ইনিংথৌ সার চুড়াচান্দ সিংহনা ফোংনবা শেল্‌গী মতেং পীখ্রবা লাইরিক্ অশিগী লামাই ৭ তা অশুন্না ইরি।

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| মনু | দগী | নমু | সংহার | দগী | শিবা |
| কিম | দগী | করি | রন | দগী | লান্ |
| কৌমর | দগী | কৌব্রু | মানব | তগী | মী |
| তাত | তগী | তোন | তৃন | দগী | তিংথৌ |
| বস্ত্র | দগী | পশোৎ | পৃবাদ | তগী | পাওরৌ |
| সৃষ্টি | দগী | শেম্বা | টঙ্কা | দগী | তাঙ্গা |
| মৃৎ | তগী | মালেম্ | শাখা | দগী | শালাই ওইখি। |

অমুক্‌সু হায়রিবা লাইরিক্ অশিদা মৈতৈলোন্ চাওখহন্নবগী মতাংদা নৈনৈ। ইনিংথৌনা ইমালোল্ নুংশিখি অমসুং চাওখৎহন্নিংখি। অদুনা অসুম্না থম্বীরম্মী -"মৈতৈগী ধর্ম্ম মপুংদি ঈশৈনি, ইরোন্না শকত্রিবা করিননো? গৌর ধর্ম্ম অসি লোন্ তিন্নদবা লৈবাক্ কয়া কয়ানা লৌরি। মফম্ খুদিংদা ভাবতা মরৌই, মৈতৈনা লোন্ ফাওবা তাংলি। মরোন থাদোকপা জাত অসি পৃথিসিদা অনি শুদ্রে।" (লামাই ২৫)

কাছারগী সিলচর তরাপুরদা নীখিল্ হীন্দু মণিপুরী মহাসাভা মীফম্ অমা ফম্‌খি। মশিদা ইনিংথৌগা লাইনিংহল্ ফুলোগা উন্নখিবগী ৱারী অমা লৈখি। লাইনিংহল্‌না মমালোল্ নুংশিজবগী ৱারী নিংথৌদা শাখি। অদুনা লাইনিংগা মরি লৈননা ইমালোল্‌দা শক্ শোন্‌বা পাল্লক্‌খিবা ওইবসু য়াই।

গৌরধর্ম্ম চৎপা ইচিল্ ইনাওশিংনা থৱায়না তাজবা নট ঈশৈনি। ঈশৈগী মপুংনা মীতৈলোল্ ওই। মীংথোন্না মীতৈলোল্ শিজিন্নদে লৈতবগীদি ওইরোই খঞ্জে। খরদং লৌখৎচরি।

১। গোস্টা = ষন্ শেন্বা
২। বৃন্দাবন বর্নন = বৃন্দাবন্ শৈথাবা
৩। মন শিক্ষা = পুক্লিং ৱারক্পা
৪। নিমাই সন্যাস = নিমাই লম্পোইবা
৫। রাধা অভিসার = রাধানা তেংথাবা
৬। গুরু বন্দনা = গুরু খুরুম্জবা
৭। শাষন = শেম্ শাবা (কৃষ্ণবু ওক্লবা)
৮। রাধাগী সুর্ষ্য পুজা = রাধানা নুমিৎ খুরুম্জবা
৯। গৌরাঙ্গ ভাবী = গৌরাঙ্গবু নিংশিংজবা অশিনচিংবা।

মণিপুর অশিবু মহাভারতকী মণিপুর ওইহন্বা, গন্ধবর্ব শাগৈ ওনথোক্পা, অর্য্যগী চাদা নাওদা ওন্থোক্পা, ইমালোল্ অশিসু সংস্কৃতগী লাক্পনি হায়না হায়জবা অমসুং মদুবু শৌগত্তুনা লাইরিক্ কয়া ফোংবগী মহৈ কয়াম্ চাবা ফংজরবগে? মশিগী ওন্ন তৈনবদা মীওই কাংলুপ্ অমনা খুদোং চাবা লৌশিল্লক্ই। মণিপুর থোন্বগী শেম্দোক্লবা পুৱারী, মণিপুরগী ৱাহন্দোক্, অয়ুক্ নুমিদাংদা য়ান্শিল্লগা শিজিন্নরিবা মীগী লোল্, খৃষ্ট ৩২০ (এ দি) মমাংদগী লম্দম্শিদা সংস্কৃত শিজিন্নবা হৌরে হায়বনচিংবা অশিনা হুজিক্তি ঐখোয়দা খুরৌ থাংলে, শিংচেপ্ য়ৈররে। লোল্লিবা লোল্ অমসুং মিং মণিপুর ঐখোয়গী লৈবাক্লি, বিষ্ণুপুরনা ঐখোয়গী কোনুং ওইরম্মী, শা-লান্দা হৈবা মীতৈশিংনা নোংপোক্তগী ১৮ শুবা চহি চাদা লাক্লগা ঐখোয়বু তান্থোক্লক্পনি হায়বশিগা ৱাতা চুশিন্নরক্লি।[১] মশিগী ইথক্ ঈরৈগী শাফু অমসুং চৈথেং কাছার অমসুং অসাম্গী মফম্দা মীতৈশিংনা ফংলি। য়ুমদাংবনা কনা কৈনাবনা কনা হায়বগী ৱায়েন্ হুজিক্ সুপ্রিম কোর্টতা য়ৌরে। ঐখোয় ৱাখল্ তাবা য়াবা মতম্ য়ৌরে। ক্বাক্না ৱাহোং-মতু থেৎলবসু ৱাহোংদি কৈদৌঙৈদা শাবা য়াররোই। চামরক্ হন্না ইরুজরবসু ক্বাকনা অমুক্ ঙৌরক্কদবা লৈত্রে।

[১] দ মীতৈ এন্দ দ বীষ্ণুপ্রিয়া (লাঃ ৪১, ৪৯)

ভারতকী অচৌবা লোল্ অমা ওইরিবা ইনাক্ খুল্লে-হায়রিবা হিন্দি লোল্নি। লোল্ অশিগা য়েংনবদা ইমালোল্ অশি কয়াম্ শোথবগে হায়বদু অমুক্তং য়েংশি।

| | **মীতৈলোল্ (মণিপুরী)** | **হিন্দি** |
|---|---|---|
| (১) | খোঙ্উপ্ তোংবা | লগানা, পেহননা, |
| | | লপেৎনা, ওরনা (ইনবা) |
| | আনোক্ উপ্পা | (অহানবগী ৱাহৈ |
| | ফুরিৎ লিৎপা | অনিশিনা শুপ্পসু শিজিন্নে) |
| | ফি/খোংগ্রাও শেৎপা | |
| | ফী ইন্বা | |
| | ফী য়ান্শিন্বা (লেংয়ান্) | |
| | লৈ চিন্বা, লিক্ শিবা, | |
| | সনা য়ান্বা, উরিক্ থাংবা, | |
| | শম্ফাবী ফাবা, ফী খাওন্, | |
| | খ্বাঙ্চেৎ লাক্পা, কোয়েৎ য়েৎপা | |

*মীতৈলোল্না কুপ্পা, শুগাইবা হেল্লি।*

| | | |
|---|---|---|
| (২) | **নুমিৎ** | সূর্য্য, রবী, দিনকর, দিবাকর |
| | কোরৌ | প্রভাকর, ভানু, অমাহর, আঁশুমানি |
| | কোরৌহন্বা | |
| | য়োইময়াই তাওদন্বা | |
| | সনামহী | |
| | সেন্ত্রেং কুপ্ত্রেং | |
| | তাউহুইরেং | |
| | লাইরেন্ তাউদন্বা | |
| | নুমিৎ সনা খোম্মদোন্ | |

চিরংলেন্ খোম্থবা
খিং খিং শিংশুবা
খিং খিং শিঙশৎপা
য়োই পরেং
পরেং লৈশংবা
চিরংলেন্ খোম্থবা
খিং খিং শিঙখোম্বা
খিং খিং শিংথাবা
খিং খিং তুথবা
চুমিথাং খান্বা
নহাবা
খোংথাং খুদিং নোংথাং কুপ্পা
য়োইখোম্থোক্
খোম্থোক্ নানৌবা অশিনচিংবা। (১৭)

(৩) **শিবা**

| | |
|---|---|
| খম্মুং শান্না তানবা | |
| অমং য়াইথোং কুম্বা | মৃত্যু, |
| পুন্সি নুমিৎ তাবা | মৃতা |
| পুন্সি চেংজেল্ লোম্বা | মরন |
| শজিক্ মতুং ইন্‌বা | নিরুতশা |
| থবা মমৈ ন্নাইবা | দেহান্ত |
| থন্নাই-থাবা | মোত |

তাইবং থাদোক্পা
নোঙ্গাবা
থুপ্খিবা
য়াম্বেম্ মৈরা মুৎপা

অঙাং ওন্‌বা
ঙাম্মী থেম্বা
শুগ্নু উচাল্‌ খাঙ্‌বা
মম্‌খিবা
পুন্সি পীখন্নবা
মপুগী খুয়া তান্‌বা,
লৈমরেন্‌ শংকুম্বা, নোং মন্‌বা অশিনচিংবা।

ইমালোল্‌গী পুকৈদা থন্নীরম্বা চীং কৌবা পোৎশক্‌ অশিগী মওং মতৌ, অকোইবনচিংবা তাক্‌পদা শিজিন্নবা ৱাহৈ খরদংগা অমুক্‌ লৌখৎচগে চীংয়া, চীংমাং, চীংজিল, চীংখোঙ্‌, চীংদোল্‌, চীংয়াং, চীংদোং, চীংচেপ্‌, চীংখা, চীংয়াই, চীংথক্‌, চীঙ্গোল্‌, চীংদুম্‌, চীংদোম্‌পোক্‌ অশিনচিংবা।

বঙ্গাল্লী লোল্‌দা "কাতা" হায়বা ৱাহৈশিনা উ-য়ান্‌বা, শম্‌ কক্‌পা,লৌ-খাওবনচিংবদা লোইনা শিজিন্নে। মীতৈলোল্‌দা ওইরদি উ-য়ান্‌বা, ই, নাপী ফানবা, লৌ খাওবা, শম, কোই ওইরগা কোক্‌পা, কক্‌পা, ফান্‌বা অদুম্‌ শিজিন্নে। অমুক্কা শিং চন্‌বা, লু কোক্‌পা, উ কক্‌পা, নাপী ফোইবা অশিনচিংবা লৈজে।

অমুক্কা পোৎ অমা পুন্নবা শিজিন্নবা পয়াবু 'বেত' কৌই। ঐখোয়গীদনা মচা হেন্না তাই। হায়বদি পয়া মদুসু কবুক্‌, কনম্‌, চেপশি হায়না লৈরি।

মখাদা নৈনরক্কদবা মতাংদসু হিন্দি, বঙ্গাল্লী অমসুং ইংলিসতা লৈতবা কয়া থেংনবীগনি।

অদুনদি ইমালোল্‌ অশি লাইরৈ, নেম্মি হায়বশি য়াবা ঙম্‌দে। ইরোল্‌ফাও মুন্না খঙ্‌দ্রগা মীগী মরোল্‌ নৈনবনা কয়াম্‌ খঙ্‌ফম্‌ থোক্‌পগে।

খরা খঙলুরগা মমালোল্বু হংখ্না খন্দা, হুন্দুনা ঙাঙ্বদি লঙ্জবা ওইগনি। মতাং অশিদা লাই ওইখ্রবা মমালোলবু নুংশিজখিবা শৈরাংবা অহল্ কয়া লৈখিদবা নত্তে। মখোয়গী মনুংদা অমনা অসুম্না থনম্মী।

লাইববী ইরোল্নি
খঙদবনা হায়বনি
মীতৈ কাব লাক্খিনি।

*খাইরাকপম্ চাউবা*

মথংদা মমালোল্ নুংশিজবা মীশক্ অমা পন্বা তারবদি লাইনিংহল্ নাওরিয়া ফুলোনি। ইমালোল্, ইমালৈবাক্, ইশাগী লাইনিং লীচৎ য়াম্না নুংশিজবা মীশক্নি। থবক্ থৌরম্ খুদিংদা ইমালোল্ শিজিন্নবা মানা হৌখি। ফজরবা লাইশোন্ ইশৈ, শৈরেং কয়া ইদুনা থম্বীরম্মী। সিলচর তারাপুর মীফম্গী লাক্পদা ইনিংথৌদা "অথোইবা শৈরেং" কৌবা লাইরিক্ অমা কংখি। মতেক্ খরা লৌখৎচরি। (১৮)

(১) ইরোল্না সোন্জগে ইরোল্না
ইরোল্না হায়জগে ইরোল্না কৌজগে
ইরোল্না সাজগে ইরোল্না সেম্জগে (লঃ ৭)

(২) মীতৈগীদি অঙম্বা মীতৈগীদি অথৌবা
খুয়াখাদা চংজরি থৌজাল্বীনি নিংজরি
মীতৈরোন্না সকচগে মীতৈরোন্না সোনজগে
"ঈশ্বর" হায়বা মিংখৈদো "অপোকপনি" হায়জগে
মীতৈলোন্না ফংবদো মীতৈরোন্না হায়জরি
মীতৈরোন্না ফংদবা মহৌশাগী লৈজরি
"বেদ" পথাপ্ কায়জদে ইপা-ইপু লায়জদে
তোঙান্বগী সাগৈদা লৈগে হায়না নিংজদে

লাইগী মিংখে সোন্‌বদা লাইগী মতিক্‌ সক্‌পদা
মীতৈরোন্‌না তৌজগে থবক্‌ থৌরম্‌ খিবিক্‌তা
বামোন লৈরি বেদগী মীতৈ লৈরি ইরোন্‌গী
মাংহনিংদে ইরোন্‌বু মীগী চৈরাক কিবগী
মীতৈ ইপা-ইপুনা নোংঘ্রং ইরুপখিবদা
ইরোন্‌ থাসি হায়খিদে মীতৈ মরুপ খিবিক্‌তা

...     ...     ...

মীগী ফৎতে হায়জদে ঐগী চুম্‌মে নিংজদে
মীগী মরোন্‌ তাথিদে অফবসু ওইগনি
খংদবগী মরম্‌না খন্‌বু কাদে হায়বনি

...     ...     ...

মীরোন্‌ হোংবা য়াগনি লাইব্রা হোংবা য়ারোইয়ে

...     ...     ...

ফজরসু ইমানি থীরবসু ইমানি
ইমাতবু নুংশিজৈ ইমাতবু থৌগন্‌জৈ
ইমারোন্‌বু ইরন্‌নি ইমা থৌজান মনানি।। (লাঃ ৮-১১)

মীতৈলোল্‌দা লৈবা পোৎ অমদা মচা শব্দোক্লা উৎপা কয়াসু শিজিন্নরি। খরদং খল্লগা নৈনজরি।

*চাক্‌*
চেংহি
চবোন্‌
চাক্‌মাই (চমাই)
চাক্‌য়াই
চাক্‌নিং

চাক্কা
চগু, চনাং
চগিং

ঐ
ইপা (ঐবু পোক্পা)
ইপু (ইপাবু পোক্পা)
ইপুবোক্ (ইপুবু পোক্পা)
ইপুথৌ (ইপু পোকপা)
ইপুথৌ পুরেন্ (ইপুথৌ পোকপা)
ইপুথৌ পুরেন্ নাকক্পা (ইপুথৌ পুরেন্ পোক্পা)

*য়েন্শাং*
ইরোন্বা
ঙৌথোং
চম্ফুৎ
অঙান্বা
উতি
চম্থোং
কাংশোই
কংশু
চগেম্পোম্বা
ময়ান্ ময়ান্

তু (ঈশিং) খোং
ইশৎ
ইরম্

খোঙবান্ (খোংলম্)

খোঙ্

তুরেল্

তুরেল্ অচৌবা

**নুমিৎ**

ঙসি

হয়েং

হাংচিৎ

মশেম্

মরৌ

মকাপ্

মশিৎ

মথং [২,৩]

| | | |
|---|---|---|
| অমা | - | ১ |
| তরা | - | ১০ |
| চা | - | ১০০ |
| লীশিং | - | ১০০০ |
| লীশিং তরা | - | ১০,০০০ |
| লীচা | - | ১,০০,০০০ |
| লীচা তরা | - | ১০,০০,০০০ |
| লীপুন্ | - | ১,০০,০০,০০০ |
| লীপুন তরা | - | ১০,০০,০০,০০০ |
| লীপোৎ | - | ১,০০,০০,০০,০০০ |

[২] তাওরোইনাই য়াংবী লম্লেন (লাঃ ৪)

[৩] লাইয়িংথৌ সনামহী অমসুং সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ (লাঃ ৫)

| | | |
|---|---|---|
| লীপোৎ তরা | - | ১০,০০,০০,০০,০০০ |
| লীকৈ | - | ১,০০,০০,০০,০০,০০০ |
| লীকৈ তরা | - | ১০,০০,০০,০০,০০,০০০ |
| পু অমা | - | ১,০০,০০,০০,০০,০০,০০০[৪,৫] |

**থাঃ**

থায়না মমাংঙৈদা চৎনরম্বা থাগী তোঙান্ তোঙান্বা মমিংশিং

১) লোইদাম্

২) থাজরেং

৩) থা-নুংশি

৪) থায়াইরেং

৫) থানৌতোন্

৬) কুপ্স্না

৭) কুপ্ত্রেং

৮) থানৌরেং

৯) ইনুংয়াই

১০) য়োইত্রেং

১১) তরেং লৈখমা

১২) য়োইপুতোন্[৬,৭]

---

[৪] ৱাকোক্লোল্ হী: থী:স: অ: পুকোক্ (লাঃ ২৫)

[৫] এ সোর্ট হিস্তরি ওফ কংলৈপাক্ - ১ (লাঃ ৯৬)

[৬] তাওরোইনাই য়াংবী লমলেন্ (লাঃ ৫/২৯)

[৭] লোইদাম্ মেরা থা (লাঃ ১১)

*মৈগী মমিং*

১) খাম্বী
২) মৈত্রেং অরাবা
৩) পোইরৈতোন্ খুন্থোক্‌মৈ
৪) পোইনাওতাও খুন্‌ফাও মৈ
৫) থাংজিং উপি উরেন্ মৈ
৬) সদু তেক্‌চাক্মৈ
৭) হেম্বা পাম্‌চাক্ মৈ
৮) তরা চাক্‌থোং মৈ
৯) শংলৌ য়েন্‌ফুংমৈ
১০) চাপোক্ কদাং মৈ
১১) অমল্ শিংকুম্ মৈ
১২) লম্‌জাও খাম্বী মৈ
১৩) চরু তাংশম্ মৈ
১৪) চক্‌পা ফুইক্ মৈ
১৫) মৈত্রেং মৈথাঙ্
১৬) থৌবু মৈতোংবী
১৭) মৈবী হান্‌তোংবী
১৮) মৈরেল্ তোম্‌শাৎনবী অশিনচিংবা। [৮-১০]

*নুংশিৎকী মমিং*

১) মালংবা
২) নুংশিৎ
৩) নাম্মিবা

---

[৮] নোংপোক পাম্থোইবী (লাঃ ১৬)
[৯] ঐখোয়গী থৌরম্‌লোন (লাঃ৬৭)
[১০] তাওরোইনাই য়াংবী লমলেন (লাঃ৩)

৪) হুল্লেন্
৫) হাল্লেন্
৬) খঙ্গোন্বা
৭) হুম্পীরেল্
৮) হাম্হৌরেল্ খৈদবা
৯) চেঙা
১০) য়ুহা[১১]

*য়ুমগী মমিং*

১) মোংবা
২) শঙ্গাই
৩) অয়ীনম্
৪) অয়ুম্
৫) ঈরাল্
৬) ঈচীং
৭) ইরান্ মোংবায়াই
৮) ইরাল্ লোন্লেম্য়াই
৯) ইরাল্য়াই
১০) ইসাইকোল্
১১) মোংবা য়ুম্দাংসাং
১২) মোংবা য়ুমলেল্ অশিনচিংবা [১২]

[১১] ইম্ফাল (লাঃ ২৫,২৬)
[১২] মৈতৈ য়ুমসারোন (লাঃ১)

*ব্রা*

ব্রা মপুম্ ১
২ থোল্লুগা তংখাই
৪ থোল্লুগা মশুং
৮ থোল্লুগা ব্রাচেৎ
১৬ থোল্লুগা শিংমিৎ
৩২ থোল্লুগা পজেং
৬৪ থোল্লুগা পশিং
পশিংদগী পতুম্ (তুম্)

*মাইকৈ মরি*

নোংপোক্ - পুর্বা
নোংচুপ্ - পশিম
অব্রাং - উত্তর
খা (মখা) - দক্ষিন
শুংতাই মরি
চীংখৈ, কৌব্রু
মোইরাং লাইচি, মৈরম্

*লৌ*

| | | |
|---|---|---|
| পরি ১ | (হেক্টর ১)(২.৫০) | লৌরাক্ -২ |
| পরি তংখাই | (১.২৫) | লৌরাক্-১ |
| লৌরাক্ তংখাই | (০.৬২) | শঙম্ -১ |
| শঙম্ তংখাই | (০.৩১) | লৌখাই -১ |
| লৌখাই তংখাই | (০.১৬) | লৌশেল্ -১ |
| তোং অমা | (০.০৪) | |

*ফৌ*

| | |
|---|---|
| পোৎ ১ | শংপাই ২ |
| পোৎ তংখাই | শংপাই ১ (উতোং ৬৪) |
| শংপাই তংখাই | লিখাই ১ |
| লিখাই তংখাই | লাইতং ১ |
| লাইতং দগী | মেরুক্ |
| চাক্ থোংনববু | চফু |
| য়েন্শাং থোংনবু | উয়ান্, খাঙ্ |
| নাহাইফু, ইরাৎফু, ইশাইফু | লাইগী থৌরম্দা শিজিন্নবা |
| উশোই | শোইবুম্, শোইদোন্, শোইজিন্ |

*তাশিন্বা, খোম্জিন্বা, শিংচিন্বা, তক্শিন্বা*

*নোংমা শাবা*

মীকুপ্ (মীহুল্) ৬০ না নাহুম্ ১

নাহুম্ ২২ ১/২ না মীতৈ পুং ১

পুং ৮ না য়ুথক্ ১

য়ুথক্ ৮ না নোংমা

নত্রগা

পুং ৬৪ না নোংমা [১৩]

*চহী অমা শাবা*

চহী অমদা থা ১২ লৈ। থা ১২ না কুম্ ৬ খায়দোক্ই।
(১) য়েন্নিংথা, (২) ওল্লাংথা, (৩) নোংজু থা,
(৪) লৌপাল্ থা, (৫) নিংথম্ থা, (৬) উন্বান্ থা

[১৩] কুম হৌবা (লাঃ ৫৭)

থা অমগী মনুংদা

থানিল্ (পুর্ণিমা) মমাং ১-১৪ ফাওববু নিন্মাং কৌই।

থানিল্ (পুর্ণিমা) মতুং ১৬-৩০ ফাওববু নিন্দুং ৮

পীক্থরক্পদা চয়োল্ অমনি।

পীক্থরক্পদা নোংমনি।

অসুম্না অহীং, নুংথীল্ য়ুথক্, পুং, নিংশা, মীকুপ্, মীহুল্, নাহুম্ অমদি পুক্লিং লাক্ই।[১৪,১৫,১৬]

থৱান্মীচাক্ কুন্তরেৎকি মমিং মথং মনাও নাইনা লৈ।

১) শজিক্
২) থবা
৩) থাদোন্
৪) থায়ায়
৫) সাচুং তেল্হৈবা
৬) লীক্থা সাফবা
৭) চীংচরোইবী
৮) চূংসেন্নুবী
৯) নোংথৌ নাকা
১০) নোংথৌ তুরেল্
১১) নোংথৌ সামু
১২) সামু অপিসা
১৩) উ পোংঙাৱাই
১৪) মোইরাং সল্কোল্
১৫) লুৱাং সল্কোল্

---

[১৪] লাই খুর্লদিল্ লাল্লুপ (লাঃ ২০,২১)

[১৫] অহলনা নহাদা লাইনিং লম্বীগী পাওতাক (লাঃ৮)

[১৬] লোইদাম মেরা থা (লাঃ ২,১৩)

১৬) নন্‌বম্ সল্‌কোল্
১৭) ওক্‌পুরোয়
১৮) তাউহুইরেং
১৯) তোংজেংনুবী
২০) উইতোংকোন্
২১) খোংজোম্‌নুবী
২২) কোরৌনুবী
২৩) মনি মমৌ সিন্‌তাক্‌নবী
২৪) হাওরৈমা ঈয়োংথাং
২৫) খাবা লৈতাঙ্
২৬) সল্‌পী লৈনীং
২৭) য়াব্রা খুরোল্।।[১৭-২০]

| *থা* | *থাশি মাইকৈ* | *তৎনবা নুমিৎ* |
|---|---|---|
| শজিবু | চীংখৈ | নোংমাইজিং |
| থব্রান্ | | নিংথৌকাবা |
| পোইনু | | |
| কালেন্ | অব্রাং | ইরাই, |
| লাংবন্ | | য়ুম্‌শাকৈশা |
| ব্রাকচীং | | |
| ইঙা | নোংচুপ্ | লৈবাক্‌পোক্‌পা |
| মেরা | | |
| ফাইরেন্ | | |

---

[১৭] মৈতৈ য়ুমসারোল (লা৭৩)

[১৮] তাওয়োইনাই য়াংবী লমলেন্ (লাঃ ৬,৩০)

[১৯] বাকোক্‌লোল্ ছি:থী:সা: আ: পু: (লাঃ২৩)

[২০] য়ুমশারোল্ (লাঃ ২৩)

| ইঙেন্ | কৌব্রু | শগোল্‌শেন, |
|---|---|---|
| হিয়াঙ্গৈ | | থাংজা |
| লম্‌তা | | |

### *লাইচা*

| *থাবান্* | *লাইচা* | *অফ ফত্তবা* |
|---|---|---|
| ১ ১১ ২১ | লাই চাই | শেংই ফৈ |
| ২ ১২ ২২ | য়েন্ চাই | অকায়বা লৈতে |
| ৩ ১৩ ২৩ | ঙানু চাই | অকায়বা লৈতে |
| ৪ ১৪ ২৪ | হুই চাই | ফত্তে |
| ৫ ১৫ ২৫ | ওক্ চাই | অকায়বা লৈতে |
| ৬ ১৬ ২৬ | ষন্ চাই | ফত্তে |
| ৭ ১৭ ২৭ | ইরোই চাই | ফত্তে |
| ৮ ১৮ ২৮ | শগোল্ চাই | ফত্তে |
| ৯ ১৯ ২৯ | শামু চাই | ফত্তে |
| ১০ ২০ ৩০ | মী চাই | খ্বাইদগী ফত্তে |

### *খোই শাবগী অফ ফত্ত*

| | |
|---|---|
| য়ুম্‌গী চীঙ্খোদা শাবদি | ফম্‌থোন্ কায় |
| | মিংচৎ ফংই |
| | থবক্ ইঙ্খ্যাংদা খুদোংচাবা পীবী |
| নোংপোক্ অমসুং | |
| অৱাংদা শাবদি | লল্-থুম্, মচা মনাই ফংই |
| মৈরম্, মখা অমসুং | |
| শম্বোঙ্‌দা শাবদি | ফত্ত হাওদি অশি-অনা নংগল্লি |

*য়েক্নবা মৌনবা*

**য়েক্ লৌনবা ঃ** য়েক্ সালাই ই মশেল্ লৌনবা য়াদে। লৌনরবদি পুন্সি নুংশাংদে। লৌরবদি লাইগসু য়েক্লে অদুগা মশা মশাগী সালাই পুন্নগসু য়েক্লে। লৈবাক্কীসু অমাংবা ওই। শুথাং তরেৎলক্তা সাগৈ মুৎলি।

**সাইলুক্ তীন্নবা ঃ** মপাদি তিন্নদবা মমাদি তিন্নবা নুপা নুপী লৌনা লৈনরবদি মৌনৈ। সাইলুক্ তিন্নবা কৌই।

**পেল্লোল্ তীন্নবা ঃ** মমাবু পোক্পী মবেন্গী য়ুম্নাক্ (মমাগী মপাম্)গী চনু নীঙোল্ লৌবা ফভে। পেল্লোল্ তীন্নবা কৌই। [২১-২৩]

হুজিক্ মতম্দা লম্দম্শিদা হিংবা, শিবগী থৌরম্দা শিজিন্নবা পাউজেল্গী মওং অমত্তং লৌখৎচরি।

**নীমন্ত্রন**

**শ্রী শ্রী গৌরচন্দ্রয় নমঃ**

শ্রীযুক্ত/যুক্তা ..........................................

পুর্ব্বাশ্রমদা ঐগী ইপুরোইবা/সহধর্ম্মীনি ওইবীরম্বা শ্রী কুবের সিংহ না মাগী নুংশিজরবা ইমুং-মনুং, শাগৈ-নাতৈ সব পরিবার থাদোক্লগা হৌখিবা ... থৱান্গী .... পান্বা নুমিত্তা শ্রীগুরুগী কৃপাদগী বেষ ওন্দুনা শ্রী চৈতৈন্য দাস হায়বা নাম্ ফংজদুনা বৃন্দাবন্ প্রাপ্তি ওইখ্রে। লাক্লিবা .... ইং ... পানবা ....নুমিত্তা চিড়া উৎসব দিন্ থোক্লে। নুমিৎ অশিদা লৈখিদ্রবা বৈষ্ণবকীদমক্ ঙমজবা বস্ত খরদং হরী সঙ্কীর্ত্তনগা লোইননা শ্রী গৌরচন্দ্র মহা প্রভুগী চরন্দা কচ্চগদৌরি।

[২১] মাকোক্লোন্ হি: থী: সা: আ: পুকোক্ (লাঃ ৫৭)
[২২] মাকোক্লোন্ থী: সা: আ: পুকোক্ (লাঃ ১১৭)
[২৩] মীতৈ য়েকসলাই (লাঃ২০)

উপলক্ষ অশিদা ব্রাহ্মন-বৈষ্ণব, অহল্-লমন্, মরুপ-মপাং খ্বাই খিবিক্লা মতম্ চানা লেংবীরক্তুনা হরীনাম শ্রবন তৌবীরনবা অমদি প্রসাদি ফংবীরনবা পত্রনা নিমনত্রন কচ্চরি।

পত্রনা নিমন্ত্রন কৎচবগী অপরাধ খিবিক ঙাকপীগনি।

সঙ্কির্ত্তন হৌবা - পুং বীনিত

প্রসাদি - পুং ... সিংহ/দেবী

*মীতৈলোল্ নত্তবা ব্রাহৈ ৫০দগী হেন্না য়াওরি।*

**হুং সিদবা**

**লান্না-থৌরম্**

ইকাই খুম্নজরবা/খুম্নজরবী ................................

লম্লেন্ ................................................

তাইবংদা ঐখোয়বু নাওকোন্বীরম্বা .... না পুঙ্সি চেংজেল্ লোইরদুনা হৌখিবা চৈচৎ ... পোইনুগী ... পান্বা .... নুমিত্তা মপুগী লৈকোন্দা লৈরাংগী লৈনম্ ওইনা তিন্খ্রে।

লাক্লিবা চৈচৎ ........ পোইনুগী ....... পান্বা ..... নুমিত্তা লৈহুন্ তম্জরগা চৈচৎ ..... পোইনু ... পান্বা ....নুমিৎকী য়াইফরবা কোরৌদা লৈখিদ্রবগী য়াইবীনা মপুগী লৈকোল্দা ইংনা চিক্লা তিন্খিনবা তাইবং মপুগী মিংখৈ শকচ শোঞ্জরগা লৈজবা হৈরাং লৈরাং কচ্চদুনা লান্ন-থৌরম্ পাংথোক্চগদৌরি।

থৌরম্ অশিদা অহল্-লমন্, ইমা ইন্দোন্, মরুপ্ মপাং খ্বাই খিবীক্লা লেঙবীরক্তুনা শরুক্ য়াবীরনবা লৈরাং লৈহুৎ শিন্না-চেনা

পাউজেল্ চৎচরি। চেনা পাউজেল্ চৎচবগী অয়োন্ অরান্ খিবিক্ ঙাক্পীগনি।

পাউজেঞ্জরিবা,

২। থৌনাওজম্ ওংবী কেতুকী (মমৌ)    ১। থৌনাওজম্ কুম্বা লুৱাং (মচা)

# শুভ-বিবাহ

**শ্রীযুক্ত/যুক্তা** ---------------------------------------

সাং ------------------------------------------দা

*লৈবগী মফমদা নোল্লুক্লা নিংশিংজরি ।*

লাক্লিবা তাং ৩/১/২০০৮ ইং, পোইনুগী ২৫ নি পানবা শগোলশেল

নুমিৎকী নুংথিল পুং ১ তাবা মতমদা ঐগী ইচানিপা

**শ্রীমান** -গা

সাং দা লৈবা -গী মচানুপী

**কুমারি** -গা

লোয়ননা শুভ-বিবাহ তৌজগদৌরি ।

উপলক্ষ অসিদা ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব, অহল-লমন অমদি মরুপ-মপাং খ্বাই

খিবীক্লা মতম চানা লেংবীরক্লুনা নৌনা

গৃহস্থাশ্রমদা খোংদাজরক্লিবা বড়-কৈন্যা অনিবু মঙ্গল আশির্ব্বাদ

পীবিরনবা পত্রনা নিমন্ত্রণ কচ্চরি ।

পত্রনা নিমন্ত্রণ কচ্চবগী অপরাধ খিবীক ঙাকপীগনি ।

*বিনীতগণ ঃ*

# লু-হোংবা

ইকাইখুম্নজরবা/খুম্নজরবী -------------

লম্লেন্ ------------------------------------ দা

*লৈবগী মফম্দা নোল্লুক্লা নিংশিংজরি।*

লাক্লিবা চৈচৎ ৬/৫/২০০৫ ইং, শজিবুগী ২৮ নি পানবা ইরাই নুমিৎকী য়াইফরবা পুংজা ২ তাবা মতম্দা ঐগী ইচানিপা

- গা

লম্লেন্ দা লৈবা -গী মচানুপী

- গা

লোয়ননা লু-হোংবগী থৌরম্ পাঙ্থোকচগনি।
থৌরম্ অসিদা অহল্-লমন্ অমদি মরুপ্-মপাং খ্বাই খিবীক্লা মতম্ চানা লেংবীরক্কুনা নৌনা য়ুম্বাল্-লম্বীদা খোংদাজরক্লিবা পীবা-নীঙোল্ অনিবু য়াইফ থৌজাল পীবিরনবা চেনা পাওজেল্ কৎচরি।
চেনা পাওজেল্ কৎচবগী অরান্বা খিবিক্ ঙাক্পিগনি

*পাউজেঞ্জরিবশিং ঃ*

লমদম্ অশিগী হান্না লৈজরম্বা লম্গী মমিং, লাইনিংথৌ, লাইরেম্বীশিংগী মমিংশিং সংস্কৃত লোল্দা ওন্থোক্পা অমসুং অতৈ লোন্নরিবা ৱাহৈশিংদা (লোল্) ওন্থোক্লবা অমসুং য়ান্শিল্লবা কয়াগী মনুংদা খরদং লৌখৎচরগা নৈনজরি।

| *মীতৈলোল্* | *সংস্কৃত/বঙ্গাল্লী* |
|---|---|
| নোংমাই চীং | নিলকন্ঠগীরি |
| কৌব্রু চীং | কৌমার পর্ব্বত |
| হৈবোক্ চীং | ভগ্নেশ্বরগীরি |
| হিয়াংথাং চীং | স্থিরাচল |

| | |
|---|---|
| কাইনা চীং | ভাস্বমুখগীরি |
| থাংচীং চীং | ক্ষিরাচল |
| সোরারেল্ | ইন্দ্রা |
| মার্জিং | কুবের |
| ব্রাংবরেল্ | যমরাজ |
| খোয়রিফাবা | বরুন |
| ইরুম্ নিংথৌ | অগ্নি |
| নোংপোক্ নিংথৌ | মহাদেব |
| থাংজিং | অশ্বিনিকুমার |
| লোয়ালাক্পা | বায়ু দেবতা |
| সনামহী | সেনমহো / ফনীন্দ্রনাথ |
| পাখংবা | যবিষ্ট / নাগরাজ |
| অপোক্পা | সত্য নারায়ন |
| পান্থোইবী (নোংপোক্) | দুর্গা |
| ইমোইনু অহোংবী | লক্ষ্মী |
| মহৈ লাইরেম্বী | সরস্বতী |
| হিয়াংথাং লাইরেম্বী | কামক্ষ দেবী (দুর্গা) |
| থোং নম্পোন্বী | মহারানী থোং |
| থোঙাক্ লাইরেম্বী | গ্রাম দেবী |
| ইম্ফাল্ তুরেল্ | বীজয়ানদী |
| ইরিল্ তুরেল্ | ঈরানদী |
| মোইরাং তুরেল | অগস্তনদী |
| সেক্মাই তুরেল্ | সৌভদ্র নদী |
| চীংগোই তুরেল্ | বারুনী নদী |
| থৌবাল্ তুরেল্ | বালা নদী |
| পিশাতাও | বিস্বকর্ম্মা |

| | |
|---|---|
| ফুঙ্গা লাইরু | ভর্গাদেব গুরু |
| ইরৈমা (হিয়াংথাং) | কামক্ষা দেবী |
| মোংবহন্‌বা | হনুমান ঠাকুর/মহাবল্লী |
| চিংগোই ইরুপ্পা | বারুনি মহাদেব |
| মঙাং, লুৱাং, খুমন | ব্রহ্মা, বীষ্ণু, মহেশ্বর |
| নিংথেম্ ইকোন্ (পুখ্রি) | বৈগী গঙ্গা |
| থাঙ্গা | দ্বাকা |
| লম্মাংদোং | বীষ্ণুপুর |
| নুংজেং ইকোন(পুখ্রি) | বিন্দু সরোবর |
| লোক্তাক্ পাৎ | লক্ষ্মী বিল |
| মোইরাং | মহিরঙ্গপুর |
| মীতৈ লৈবাক্, কংলৈপাক্ | মণিপুর |
| মীতৈ/মৈতৈ | মণিপুরী |
| কম্বোংপুৎ/চীঙ্গোই মরু | গৌড়নগর |
| সমুপুন্‌বী (জীরি) | গুলারথল্ |
| হিংহাৎ(জীরি) | হিলঘাত |
| মকু তুরেল্ | মক্রু |
| তৌবুল্ | তুপুল্ |
| উমংলাই | বন দেবতা |
| ইরাৎ ফু | ঘোট |
| থাখল্/থাকন্ | চন্দৱা |
| নিংথৌ | রাজা/মহারাজা |
| লৈমরেল্ | রানী/মহারানী |
| নিংথেম্চা | রাজকুমার |
| ৱাঙ্গোল নিংথৌ/মথংখন্‌বা | যুবরাজ |
| লালচিংপুরেল্ | সেনাপতি |

| | |
|---|---|
| ইরাং-ইশোন্ | পুজা |
| মৈ ইরাংপা | যজ্ঞ/অগ্নি পুজা/হোম |
| চাকথোংবা, ফু হৌবা | বুজারী |
| চাকলোন্ কংপা | উষব/দিবোষ |
| লান্না থৌরম্ | শ্রাদ্ধ |
| মঙানি লৈহুন্ | অষ্টি সঞ্জয়/সনজোল |
| ফীরোই, কুমওন্ থৌরম্ | সম্বৎস্বর |
| চা-উম্বা | অন্ন প্রসন |
| ঙা-তংবা | জাতি ভুজন |
| না হুৎপা | কর্না ভেদ |
| পে | ছাতিন |
| লুক্লেল্ | মহাপ্রসাদি |
| চাক্/লুক্ | প্রসাদি |
| শিখিবা থাবান্ | মৃতা তিঠি |
| ঈশিং | জল, পানি |
| লাইনিং লীচৎ | ধর্ম্মা |
| শাকৈ/শাগৈ | জাৎ |
| লাংফম্ | দষা |
| থক্কী তেন্/কাপথরাং-লংথরাং, অখাক্ অরাও তাবা | ব্রজ |
| হুঙ্ | ওঁ |
| শগোল্ কাংজৈ | পোলো |
| লাই, লাইয়েক্পা | চিত্র, চিত্রকার |
| জগোই, ঈশৈ নোংমাই | নাট, নৃত্য |
| নুং শুবা, লাইশাবা | শিলপ কলাকার |
| কংলা ফম্বৈ (ফম্বা) | দরবার |

| | |
|---|---|
| শেল্‌গী মনা | বৃত্তি |
| শিন্তাক্‌পা | ওঝা |
| ইকোন্‌ /ইকোম্‌ | পুখ্রি |
| সালাই | গোত্র |
| মঙাং | শান্ডিল্য |
| লুৱাং | কাল্যপ |
| খুমন্‌ | মধুগল্য |
| অঙোম্‌ | গৌতম |
| মোইরাং | অঙ্গিরস / অত্রেয় |
| খা-ঙান্‌বা | ভারদ্বাজ (নৈমিস) |
| শালাই-লৈশাংথেম্‌ | বশিঠ |
| হয়িচক্‌, হয়াচক্‌ | সত্য, ত্রেতা |
| খুনুচক্‌ , লাংবচক্‌ | দ্বাপুর, কল্লি |
| হি | নাওকা |
| শেল্‌ | পৈশা |
| পোৎ | মাল |
| লৈ পরেং | মালা |
| লৈনুং | পাটাল |
| ফত্তবা (ওইহৈদবা / তৌহৈদবা) | নরক |
| অতিয়া | আকাশ |
| চাংয়েং | পরিক্ষা |
| অনৌবা | আধুনিক |
| খোইথুম্নবা | অমৃত |
| শৈশকপা | কালাকার |
| শৈরাংবা | সঙ্গিৎকার |
| শৈরেংবা | গীতকার |

| | |
|---|---|
| তাইশিন্নবা | সন্তাই |
| থাপালোন্ | কেলেন্দর |
| ফুন্/মতুম তাবা | সিনো (সুইন্য) |
| তাইবং মহৈকোন্ | বীশ্ব বিদ্যালয় |
| লাইরিক্ শং (লেন্) | লাইব্রেরী |
| মালং হি | হব্রাই জহাজ |
| নোংথক্কী পাওজেল্ | আকাশ রানি |
| অথেন্পোৎ | সিধা |
| ময়াই ফংবা | সিদ্ধ/সিদ্ধি |
| শোক্পা | জখম |
| তৈথোক্ ফি | ঝারোন |
| শুম্জিৎ | ঝারু |
| অঙক্পা | চমৎকার |
| নিবা/চাক্নিবা | ভিক্ষা/ভিক্ষারী |
| ফিদম্ | আদর্শ |
| মান্নবা | উপন্মা |
| য়োক্পা/ঙাক্পা | পালন |
| লোইনশিল্লোল্, পুদিন্ | সাহিত্য |
| নুপীনা ঙম্বা/তঙ্খাই শিবা | আধামরা |
| মপোক্ | জনম/জন্মা |
| করিসু লৈতবা | মামুলি |
| মাইখল্, ফিজং | পরদা |
| শৈরেং | কবিতা |
| ব্বারেং | নিবন্ধ |
| লাইরিক্, ব্বারেং লাইরিক্ | উপন্যাস |
| লৈবাক্ | ভুমি |

| | |
|---|---|
| য়ুহা হাবা | ভুমিকম্পা |
| মনম্ | গনধা |
| থাওমৈ | দীপ |
| ষন্ | গো / গোরু |
| খুগ্রাং | পাদুকা |
| ফি (শেৎনবা) | বস্ত্র |
| সেক্পিন্ | ছত্র |
| নম্থোক্পা | ছাপা |
| উনম্শং | ছাপাখানা |
| শেল্খাই, শেন্থাং | চান্দা |
| মচা | ধারা / সন্তান |
| পোৎলোইবা | সংস্কার |
| থাগৎপা | ধন্যবাদ |
| মথৌ তাবা | দরকার |
| থৌরাং | তলাবী |
| হৌখিবা (অহৌদবা ওইখিবা) | পুর্ব্বাশ্রম |
| পেন্বগী (নুঙাইবগী) মপাল্ নাইদ্রবা কুম্মৈ | রাস লীলা |
| ৱাহৌদোক্ | মঙ্গলাচরন |
| কাং চিংবা | রথ যাত্রা |
| লৌশিং | জ্ঞ্যান |
| চয়োল্ | হাপ্তা / সপ্তাহো |
| নোংদম্বা | বিধাতা, বিধি |
| অয়েৎপা, অপন্বা | সমস্য |
| লৌশিং মঙাল্ | বিজ্ঞ্যান |
| থাঙ্গৎপা | প্রষ্টাপ |
| লৈবাক্ | রাজ্য |

| | |
|---|---|
| ময়াম্ (মপৈ) শক্পা | পাল/পালা |
| নোঙ্লুক্চরিবা | বীনিট |
| মাইবরেন্, লাইখৌ তৌবা পীবা | পুরোহিত |
| পক্লৈ নম্শা<br>(নম্শা থিন্বা) | চন্দন |
| চাখুম্ পান্নবা | ভন্দারি |
| ফম্ফম্ পান্নবা (শিন্বা) | সম্বাসা |
| মহৈ | শাস্ত্র |
| পুয়া | বেদ, পুরান |
| চে-পাউ | চিঠি |
| অয়েংবা | ভাবক/অভিভাবক |
| শক্তম্, মীতম্ | মুর্তি |
| চৈরাক্ | দন্দি, সজাই |
| নিংজবা | আশা |
| কৈনোমা তৌদুনা | দেষা উপাই |
| খুদোংচাবা | সুবীধা |
| ইচন্ চন্নবা | সধারন |
| খুন্ | নগর |
| ঈশিং ইপাক্ | সাগর |
| ইপাক্ ইরেল্ | মহাসাগর |
| লৈকংলা | মারুভুম্মী |
| পাঙ্গল্ | শক্তি |
| মাইচৌ | পণ্ডিত |
| চান্নবা/খুদম্ চাংদম্ | প্রমান্ |
| ইরাং | ইঙ্গিৎ |
| অরুম্বা | ভার |

